পৃথীমৈতৈ, মোইরাংচাগী

# লেমহৌরবা পুন্সিগী
# খুৎয়েক অমা

( শৈরেং, শৈবুন )

অইবা :—

পৃথীমৈতৈ মোইরাংগা

# লেমহৌরবা
## পূন্সিগী খুৎয়েক অমা
( শৈরেং শৈবুল )

পাবিদ্রিবশিংদা

লাম্হোকচবা :—
পৃথ্বী মৈতৈ, মোইরাংচা
শৈরেংবা:—ওল ইন্দিয়া রেডিও,
ইম্ফাল।

কোঙজবা :— অইবা

কোঙবনা অশুপ্পনি ;




নম্কম :— ...টি প্রেস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

অহানবা ফোংজবা :— ১৯৮১

কপি মশীং :— ১০০০

মমল লুপা :— ১০·০০

ফংফম :— মনিপুর বুক হাউস,
পাওনা বাজার ইম্ফাল

খুদোলজবা :—
পি. এম. মোইরাংচা
শামুরো বাজার।

পম্মৌ পোকপা ইপুপোক
লাইগী লমদম স্বর্গদগী
লৈচিল পোমাই 'হাং'
মিংয়েং লৈদা য়েং
পাংত্রবা নগুগী ঈহৈল
"লেমজৌরবা পুন্সিগী খুংয়েক অমা"
মিংয়েং শান-ন খৈনবীয়ু
নগুগী নিংজবা খুংজগে :—
তোল্লবদগী তোল্লবা
পাংত্রবদগী পাংত্রবা
বাখল পুক্কৈ থন্দ্রবা
লৌশিং লননগৈ চোন্দ্রবা
পিকিলবা নাত্রা অপিশক
লমজিংবিয়ুনে নহাক্না
মীতৈ সাহিত্য লৈকোলম্নুংদা।

ইপুপোক্কী
নগুনিপা
পৃথী মীতৈ, যোইরাংচা
শৈরেংবা এ, আই, আর, ইম্ফাল

মে, ২১। ১৯৮১ ইং
শাম্নুরো বাজার

# অষ্টবগী ৱারোল

করিগুম্বা পোৎ অমা শেমবদা চংলিবা মচাক মত্রগা মী-ওইবনা হেক পোক্লকপদগী শিবফাওবা হীংনবা চারিবা থ'ক্লবা পোৎচংশিং নত্রগস্থ কি থোংত্রি'গু মতমগী সন্তাতা নংত্রগগু নিংথৌ পাল্লিৱৈ মতমগী চৎনবী নিয়ম নীতি ৱায়েল পথাপ পরীং মংত্রগস্থ চুসি মীওইবা কাংলুপ্পা লৈনখিবা মুমকম হায়বদি মালেম পৃথিবী জগৎ অসিগী হৌরককম থংগে, নৈন-কুংগ হায়বা তারবদি স'ইন্সটিফিক ষ্ট্রকচর হিষ্টো'রিকেল ষ্ট্রকচর জিয়ওগ্রাফিকেল ষ্ট্রকচর য়েংলুবা তাই, পারুবা তাই। মহু-দগী ফংলকপা নোলেজনা লগী অমা ওইহনা মথোই মথোইগী মরমদা থংনববা হোৎনরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌহল্লি। ৱাকম অসি কমন ওইনা জেনেরেলাইজ তৌরবনি।

মসিগী মখুংদা লিটরেচরগী চেনা ফাগৎলু্না অমুক য়েংসিঃ—কনাগী মত লৌগনি, কনাগী ৱাথলগা চানগনি। হায়বা ছমদে। নৈনকুবদগী ফংলকপা জ্ঞানগা পাকবদগী ফ'লকপা লৌশিংগা লিটরেচরগী জগত্তা কয়াম য়াম্না মশক ফংহনবা। ফনা লুবা ৱাকমনি। অম্বম্নদি পনবৈ :— "ফোং-দোক্লৌংলিবা ৱাহৈগী মফোংদোকা থমোইমখুংদা থল্লিব পুক্লিংগী কল্পনাগী ধ্য'নগা মতম অমতদা চৎমিন্নরবদি উপন্য'স নংত্রগা শৈরেং নত্রগা ৱারিমচা নংত্রগা ড্রামাদো লিটরেচরগী জগত্তা

যেরগী পুর্নিমাগুম মশক কঙকল্লি অপাবা মীহু শুঙ্কংহল্লি।"
মসিনা তাকপদি প্রতিভা. মহৌশা পে.কপদগী লোইনরকপা
গুন চেনবা তাই।

করিগী খঙ্গোয় করিগী হাখল মশাগীনি। মঙ্গুংসিদা
কারিগু খজগ্রবা ঐ অংনা লোইবা নাইগ্রবা লিটরেচরগী জগত্তা
থোং থাংজিল্লুবসি ঐমক্কী অ.শায়বনি। তৌইগুরগুং পামজবা
লায়বসিগু ওংহ্নাকপা মথল অমগী লায়না অমনি হায়বা তাই।
অশয়দু পদ্নে :—ফনা প্রতিভা লেংনমু অব্যাসপু তৌগ্রবদি
কাংখথাং তাহনা তোকই; মসিমক্কা ঐমক্কা য়াম্না থোয়দে ক্না
অব্যাস তৌরুবগী রাফমদি নংচদে। পামজবা কৌবা অসিগী
রাখল্লক্না পুংথোকচবনি পাবীরিবশিংগী মাংদা ঐগী অহুমশুবা
শৈরেং—লেমহৌরবা পৃক্নিগী খুংগেক অমা—।

পাবিরিবশিংনা নৈনবীরভুং পুথোকপীরকপা অশোইবা
অর'নবা খুদিং তাকপিরক্লবদি পাংজদ্রবা ঐগী রাখল লৌশিংনি
লৌজগনি।

অরোইবদা পঞ্জনীংবা রারোলশিংদি :—

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা চংশদবা শেলগী
মতেং খরা মনিপুর সরকাগী মহৈ মশিং লোইশঙনা পীবীদুনা
শেগী অরাবা ফিভম থরমথৈ কোকহনবীথি। মসিগীদমক মনিপুর
সরকারগী মহৈ-মশিং লোইশঙবু হন্না হন্না থোক্লুকচরি।

লাইরিক অসিগী মরমদা মত থরা কোংদোকপীরক্লবা

হায়জরূবদা মতমগী অরাবা য়েংবীদনা য়াবিরকপা ঐগী মুং-শিঙরবা ওঝা শ্রীথে কচোম যোগেন্দ্র সিংহ, হেড ওফ দি ডিপার্মেন্ট, মনিপুরী, ডি. এম. কলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমার্স, ইম্ফাল ; ওঝাশিংগী মফমদা হন্না হন্না থুরমজরি।

মথদ লাইরিক অসিমু পুথোক্নবা হোৎনবদা অরাবা থোৌদাং লৌবিখিবা সিটি প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ঐগী মুংশিজরবা তামো সরতকী শিংগুমত্রবা লমল অমম্ভু পাংত্রবা ঐগী পুক্নদা তোনশিঙ্গরবনি।

পৃথী মৈতৈ, মোইরাংচা
শৈরেংবা, এ, আই, আর ইম্ফাল

# অপাবগী মায়কৈদগী বাহৈ থরদং

মহা ওইরিবা শ্রীপৃথী মৈতৈ মোইরাংচানা শৈরেংবা— "লেমহৌরবা পুক্নিংগী খুংগ্নেক অমা" (শৈরেং শৈবুন) মিং-থোনবা শৈরেং ৬৪ য়াওবা লাইরিক অসি খুংই ওইরিবৈদা পানলবগী খুদোং চাবা তাঙ্গা ঐতোঙ্গা পীখি। মসিগীদমক্তা অইবু থাগৎলি।

শৈরেংগী চপচাবা মশক তাক্লনবা অকক্লবা ময়ামনা য়ান-নবা সংজ্ঞা অমা লৈতে। নতম মতমগী সাহিত্যকার, অইবা অমদি সমালোচকশিংনা মশা মশাগী ওইবা মত হেক হেক পিনৈ। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মীওইবগী পুন্সি থোং-জেলদি অরেপ্পা লৈতনা ওল্লকই — অওনবা হায়বসিনা মাগী অচৌবা শক্তক অমনি। ওল্লকইবা অসি পুন্সিগী মাইংগী য়াইকৈ কয়াদনি — সমাজগী চংনবীদা, ৱাঙাংদা শাঙাংদা, অর্থনিতিদা রাজনিতিদা। সমাজগী অপুনবা শক্তম হোংমল্ল-বনিনা মহৌশানা সাহিত্যগী মশক ওল্লকপন্থ তঙাই ফদবনি অঙকপা অমা অমুক ওইদে। ঐখোয়গী থুম্নাইদা অচৌবা অওনবগী মশক তারকপসি অনীশুবা পৃথীবীগী লাঙাওগী মতুং; ভারতকী যেইন ষ্ট্রীমদা য়াওরম্বদগী লাকপা অওনবা শক্তম কয়া ১৯৬০ দগী ওল্লকইবা করবা শাহ্ন পুবা কয়ানা

ঐখোয়গী সমাজদা, ঐখোয়গী অহৈবশিংদা পীরকইপা অসিদি য়াম্না চাউই। হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয়না উরিবা তারিবা ংারিবা সাহিত্যগী পোংথোক অয়াম্বা মতমসিগী মনুংদা থেক-লকপা পোথোকনি অমদি খুংহৈগী মশকনি ( technlgh ). মতম মতমদুদা ফাওবা থম্মোয়গী ইংলন্ড ময়েক শেংনা পুংথোক-নবা হোৎনবদা থংবা নংত্রগা থওদনা অওনবা মশক ওইরকই।

অমুবু মরু ওইনা শৈরেংশিংদা অশৈবশিংনা থারকপা খুং-থদি—মিংয়েং থেমবগী মতুংইন্না খুংথান্নু থেন্নে। হৌজিকী সভ্যতানা পুশিল্লকপা অহোংবা কয়াগী মওংনা ময়েকনা অশোংবা মশক কয়া লাকখি। অদুবা পরমপরা কায়রকই। পুন্সিবু অনৌবা মওংদা অর্থ কল্লকই। অমুম্না ঐখোয়গী সমাজগী অশংবা মশক ঐখোয়গী সাহিত্যদা শৈরেংদা মশক উবা ফংলকই। হান্নগী মথুক তপ্পা নিয়মনা পুনবা মশকশিংগী য়াম্না লাপংথোরকপা ঐখোয়না থেংনরি।

চৈরক অসিদা হন্দক্তা পৃথীমৈতৈ মোইরাংচানা অনৌবা শৈরেং শৈবুন অসি ঐখোয়দা খুদোল ত্তোরক্লি। শৈরাংবনা পুথোক্লক্লিবা শৈরেংশিং অসি মরু ওইনা পুন্সিদা থেংনখিবা, থম্মোয়মনুংদা ফাওখিবা কাউওমত্রবা থৌদোক থাথোক কয়ানা য়ুম্ফম ওইবা, লাঙলথা পুন্সি থোংজেন্দা মোং হাদনা শক্তম হোংদনা লৈরিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম উরুবদা ফংলকপা /ফাওরকপা বাখল পরিনা মরূনি। মায়কৈ কয়াদগী য়েংলকপা মিংয়েং কয়া উরি—তোঙান তোঙানবা শক্তমদা। শৈরেংশিং

অসিদা মথল কয়াগী মহ'ও থেংনৈ। মপুং ওইবা শক্তমদি মসা লৈবাক নিংবগী চেংলবা থশ্মোয়গী লিপুমগী শৈহেক; পুক্কিদা থোংগল খুংশি লপ্নেন্দা খোংদাক্রবদা কংজকপা নিংবা কাংথবগী মনি মাগী মফমদা কপ্লেকপা পামজবা অশেংবা খুং-শিরগী পুজরী ওইজবা; ওইদবনা অওইবা শাহুনা মীয়ামদা উংক্লিব চংনবী মীয়াম্ন্ লক্কব কায়রবা; হৈংলবা লেংক্রবা মহৌশগী থুংশে উক্রবদা ফাওবকপা অশেংবা মথল পুম্নমক্কী তুগজনফম ওইবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তম য়েকপা হৌোন্দা চঙজবা, অফবা তমজফমনি লৌজবা; ধর্ম্মগী মিংয়েংদা হৌ-জিক্কী মীওইগা মহাক্কী থেংনদোকপা শ্রদ্ধা, তোঙান তোঙান্বা পুন্সিগী মিংয়েং অদর্শ অদ্ধাত্মক্কী মিংয়েং; তাইবংপেম্বা মপুগী লেয়ন'ইদ্রবা লিপুন্দা অচেৎপা থাজবা লৈবা, মাগী মফমদা চঙফম থিব — পুন্সিদা থ'দে কপিদনবা নোঙ্গবা লাই-শোল কয়া, কায়নবা শেংনবগী তেংথারেল কয়া পুন্সিদা থোকখিবা থোদোক বাথেক কয়াগী মমি; মতম পুম্নদা চুমং-হুনা লৈরবা ইপা ইপুশিংনা চেনা থাজরম্বা পান্থে পাউরো কয়াগী ছন্দ টরেয়নরবা অর্থ মহৎ কয়াবু খোঙ্হাং পুহনা ঐহোইবু তাইহল্লি।

অইবগী শৈরেং শৈরুন অসিদা ঐখোয়না ফংবা তেংপ-তোম্পা মশক অমদি মতংগী অকনবা অওনবগী শাফুনা য়ৈহুনা বাখলগী লমজিংদা মতমগী হুক লাউবা ইহন ফাওরবশু শৈদঙ্

খুংগেক্ক হায়গী ছন্দ তানদা চেংনা থাজবগী মশক অমা উত্না খমলিবা অসিনি। ভবক মাইনা খুং থারি —অলংকার ১ছুং ছন্দ মাত্রদা থাজবা লৈবা শৈরেংশিংনা উংলি। অশৈবগী পামজবসি 'চৌপদি' নি হায়বা শৈরেং অয়াম্বদা উবা ফংই। শৈরেং পুমনমক শক্ং অসিদা লৈতে। মতমগী শৈরেংগী ওন্নকলিবা ছন্দ তালদাগী মথা পোনদবা শৈরেং খরমু উবা ফংলি। অতুনা অশৈবগী খুংগেক্কা অরি অনৌ অনিমক্তা মহাও তংলবনি হায়বা উরে। তেক্তক তেক্তক তৌবা শৈরেং ঙাইহাক্কনি ফোংদোক্লিবহু য়ামনা হেন্না অপাবদা বিকাস তৌদে নাথেননা ইঙ্গিং ওইনা সজেস্ট তৌবা লিরিকেল ওইবা শৈরেং অয়াম্বনা মপুঙ ওই। সজেস্ট তৌরবা পাউখোং ওইনা অপাবদা চল্লগা থনম্বা ফজবা শৈরেং য়াওই। অহুবু শৈরেং খরদা হেন্না বিকাস তৌবা অপাবদা খুং পাঙ্গ্না লগৌ তাক্লিবা শৈরেং খরা অসিমদি অশৈবনা অমুক খঙ্হবগী মথৌ তাবরা খল্লি।

কবিগী ঘিংথেং কবিগী পাউদম মশাগীনি; পোইয়েটীক ইনষ্টিংক ইন্সপিরেশ্স অতুনা পিরকপা পাউদম্নী। মসি শোক লুনবগী হক কনাগী মখুত্তা লৈতে — লৈফমম্থু থোক্কে। মশাগী মাফাংদোক, মশাগী থুংই পুমনমক মশাগীনি অহুমকপু বাহৈগী লৈফম, অপান্না ফোংদোক্লিংবা বনানগী ওন্নবনচিংবা শোকপা য়াবা খরদি মশোক্কে।

অশৈবগী পান্নবা বাখল মিংয়েংদা তাবিবা শাংখৈরবা মীওইবগী পালজেলদা মচাক থন্না লৈরে । মতুংদগী অশৈবগী থৃদোল কয়া তম্নকলনি আশা তৌরি।

খোকচোম যোগেন্দ্র
হেড ওফ দি ডিপার্টমেন্ট, মনিপুরী
ডি,এম, কলেজ ওফ আর্টস
এণ্ড কমর্স, ইম্ফাল

ইম্ফাল,
আগষ্ট ২৮, ১৯৮১

# "য়াওফম-খণ্ডক্রম"

| করিবু | কদাইদা লমায় |
|---|---|

# মৈত্যগী সিম্বোল

কাউদরি

নিংশিংলি

কাউখিরোই নিংশিংখিনি
মপোক অমদগী
মপোক চামা, লিশিং লাক্ষা
সনাগী ময়েক সনাগী কালি
ইরম্মীনে মতমগী থম্মোইদা
মুংঙমদেনে ইভা ইঙেনগী নোংনা
ঙমঙমদেনে ফাইরেল থাগী নোংলৈনা।
ঐসু নংসু মাসু
পোক্লিনে চহিচাসিদা
কাউবা ঙম্মোই কনানসু
ময়েক লাৱবা থুদম্মি ।।

---

## জহেরা

শাগৈগী থাংমদা পোমখিবী
মুংশিগী লৈকোন্দা শাংখিবী
তাইবংশিন্না লৈনম য়েনখিবী
হাদ লৈরাং জহেরা শকহেনবী ;
কাওক্তমদেদকো মুরাও !

চৎনবী সমাজগী শগন্না থাংখি
প্রেমগী থৌরিন্নদি চেৎনা পুনখি,
পায়মান্নংগী থাদি মুংশি তেমশিংনা
য়াইবী মাংখিদো মাঞ্জ মথুবাক্তা ;
পাম্মুইদকো মুজাও !!

মিংকুপ অমতং লৈশাং তমখিদা
মুংশি মাগদি পাওমেন নখিদা
লকামুংগী থাহে কয়াদি লোইখিদা
চাক্লা চাক্লা মুম্বংনা চংখিদো ;
নীংঙমহৌদেদকে নিঙোলও !!!

মুংশি খোঙ্গুলদি তাকথি তাইবংদা
মুংশি মপাওদি লৈহৌ জগতা
থৌদোক থুদিংদা থারী থুদিংদা
মৈরি ওইহল্লে নিংজবা থাথন্দা ;
চাকহৌইদকো মপামকাদবু !!!!

---

# পুক্নীং খোইমু

পুক্নীং খোইমু ঐদি
থম্বাল নংবু মিতাম্বুরে
নৈরাং নৈশক হেনবদি
রাখল ঐবু নৈভাদরে ;

কোরৌ মান্নু তাইরি
শরত থাজন্নু থোক্লি
নঙী নৈকা খুদিংদা
পুক্নীং খোইমুদি লোৎচরি ;

পামজ পামজ, লুংশি-লুংশি
থম্বাল নংবু খোইদাকৈনে
নৈহি চেন্নবা নৈকাদা
লুমিং খুদিং তোংজগেনে ;

থৌজাল ঈরিক থিকপিয়ু
ঈথৌ লাংবা কোক্নজগে
লুংশি মিৎয়েং য়েংবীয়ু
অরা কোঙ্গায় থাংনজগে।

## পামজবা

অমুক্তং মকচবা
ইবুংঙো নাক্তা
ফংজরবদি অমুক্তং
পেঞ্জনি পুক্নীংসে
কমছুগেনে 'মুক্তদি
নঙ্গী নাক্তা
পুন্সিগী পোম্বা পোরম পুরহুনা।

চেংলৌ নঙ্গী
তামপ্রবা স্থম
উজবা ফংদ্রবা
ঐগী ইমিৎসিনা
ঙমক্তদে থম্মোইনা
কৈদৌনুং লৈতাবা
ঈরাকুজে ঈপাকথক ঈপাপ নাইদবা।

লাক্রেনে ঙসি
লৈপাম্বা বসন্তগী
খোংজিল তমহুনা
তপ্না ঐহাক্না
পাইজরি খোইমুনা
নুংশি ঈশে ঙং
লৈরাংজরি লৈকোম্নুং খোইদা থম॥

---

# অতিয়া মালেম

"অতিয়া মালেম শমুদে
স্বর্গ-পাতাল লাপ'ন।"

ধর্ম্মগী মাইকৈদগী

অহিংসা পরমহংস

"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম্ রাম হরে হরে।"
জীবনা কনানো
থৱাইনা করিনো ??
ধর্ম্মনা কৈদা খোঙ্গালনা কদায়দা ??

অধর্ম্মগী তোর্ব্বান্দা লেপ্লগা

খোঙ্গাং ঐয়না লাওরক্লি
হিংসাগী হিংসাবদি
ইমিং তাঙলবন্ন
মী-মিং কোংখোক্লগা
ঐগীদা পায়রে
ইশাগী কায়বদা
ধর্ম্ম থিদরে মীয়ুংশি থঙদরে।
"ক্ষো শংবাইদা উক্তোং থানরে
লুপা চামগী থা অমগী শেন্দোয়
লুপা তরা লুপা তরামণা কক্লরে।
অতিয়া মালেম শমুদবগুম
স্বর্গ পাতাল লাপনবগুম
ধর্ম্ম অধর্ম্ম খেন্নরে॥

# শূবা নোম্বনা ধর্ম্মনি

লাইনিং লাইশোল লেপ্লসি
অজা পুজা তোক্লসি
থোংনা চার পোয়েল থারসি
অথেন পোৎপু কৎলম্মুসি।

অময়দা তুমিন কময়হনা
নদোষ করি খল্লিবা
কনাবু লাংলি লোম্না
কংগে খন্দুনা করিবু ?

য়েংঙু নমিং পাঙলহনা
নখুৎ নঙ্গী খন্দুনা!
লৈত্রে লাইদি লাইমুংদা
চৎক্রে মাদি কৈদা ?

লোংলি মাদি লৌমীলক্কা
নাথৈরি লাঙ্গোল লৌক্কাংলক্কা
কুম্লাং চুপ্পা খুৎশমলি
লাংলোল লাংলোল লমজিংলি।

লাইর-অনং খিবিককী
পুকচেল শেংবা জীবগী
অচুমব খরায় হাপ্পিরী
অনৌবা মঙাল পীবিরি।

# থম্মোই অনিগী মিৎয়েং অমা

হায়নখিবদাই ইবানি
বাকৈয় হিথক অমদা
নৌরেল তান্থা পিমিন্নরুসি
সুংশি বারি শামিন্নরুসি।

চাংজৌ নাইদবা ঈপাকথক
শকচনি ইশৈ ইদোম
সুংশি নঙগী নাপদা
তাবিয়ু নংনা ঈশৈদো
মোংমোল নোঙ্গা হিথক্তা॥

নোংচুপ তুংলম তুংওইনরক্লে
নোংপোকলম চাক্তাবী কোয়ৌ
পোম্বী চেক্লা পুরত্নুনা
ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে
অরা কোকথোল থাদরবে।

"য়েংঙ্নে থরায় ওইরিবী
ঙুঙোলজদে পুক্নিংসে ??"

# মিহৌজদে লন্দো করিস্থ

অপাম্বা কয়াগী কাদা
মিহৌবা থরায়না মিতাজৈ
পীনদে নংনদি চানবিবদো ;

পুক্নিং পুখ্রি
ভুংজরি ঈরিক
ইঙো ইঙেন
লোম্নবা নোংজুগুম,
ফংগুমদনা ফংজরিবা
নহাকী থৌজাল
পুক্নিং হকচাং
ইথরায় লুপচৈ ॥

লম্বী অমুক
কয়া লম্মূকনরুই
চুয়া অমুক
কয়া মচ্চরুই
ওইরমই লম্বী'মা
হেক্তা নঙী,
তমথিনা লোংখি
নাথৈনা ঐঙোন্দগী
থম্মোয় শোকনা
করিগুম্বদস্থ ঐগী ॥

## নিজবা

কোরৌ মঙাল শামথরে,
চেক্লা ঈশৈ শক্লকতরে
মালং খোংদোয় লেপ্লকলে ;
কোনবীরো ঐবু অমম্বদা
শূম্বীরো নতমপাক্তা
নহাক্কী থৌজাগ্নি হায়নবা
পীনবীয়ু মহুমতং তোল্লবদা ;

পূন্সিদা থুদোংথিরবা
অরাবা লৈঈ চিংলবা
মাইথোংদা অমুবা কচুনা
নংগী প্রেমলাইজনা চামহনা
কোকহনবীয়ু মহুমতং ননাইদা ॥

---

## কাওডমদ্রবা স্বর

নংগী ঈশৈগী সূরনা
ঐবু ছুম্বা হৌদোক্লরে
শেংলবা থাবলগী ঈপাক্তা
থুংজেং পায়দুনা পুবীরে;

নোংমা কয়াম্তু হৌখ্রে
মতমগী পুংলোন মিংকুপ্তো
লাক্লগা ঐদি মংফাওনরে
লেপ্লমদ্রে নংদি ইনাক্তা;

ঈশৈগী ছন্দম্তু মাংদরি
তাগ্রবা মুক্তিমু মুৎতরি
মহৌশাগী স্বরদি খোকতবে
মোমোন মাইথোংদি উদরে।

# হকচাং অনিগী থবায় অমা

মিংচান্নবা ফন্মিন্নরে ইবানি
মপাও ইপাও তমনরে
নাপচিক্লা লোন্না
ভুমিন ভুমিন ইবানি ;
কনা তাদে কনা খংদে
মরোল থোক্তে মখোল কৌদে
মালং খোংদোয় হুন্নকই
লৈরাং লৈনম থম্নমই ;
নুংশি বারি শাহৌই
চিক্লবা অহিংগী তাঙ্গাম্নিদা
ভিংথৌ থক্তা ফমদুনা ইবানি।
তম্নমবা ঙমিংনি ঙসিসিমক
হেনফন্দ্রবা মিকুপ্নি তাঙ্গাসিমক
ইবানিগী নুংশি শৈরোলগীদমক
মংমিন্নরুসি নুংঙাই মঙলান
ঈশৈগী শৈরোল—
শক্লবা হেনফন্দ্রবা মিংকুপসিদা
কংল্লুসি থবাই ইবানিগী
নুংশি কাদা !!

## হৌদোং লম্বোইবনা ঙাক্লেম্বা

হেল্লোই মকোল অমা শারম্মী
লৈরক অহুম ফাংবগী চিথেক্কুদা ;
তোর্বা'নগুম্লবা অতোবা
নাক য়েং অনিমক্তা
চরোং হ'বুং বাবুং হৌরম্মী।
"মরক্কুদম্মু গুহা অমা লৈরম্মী।"
মী কিনৈ চংনদে
অথংবা থরকনা
লুপাগী চবান থাদোক্লগা
দক্ষিনাগী মহুত্তা
ঙাক্লেক-ঙানৌ চরা অমহুম চারক
ভুটি, লাই, চংদবা কিগন্দবা
লৈকাইগী হৌদোং লম্বোইবা থরদি
নুমিং খুদিং চাক্কারে ;
ময়ুমদদি ঙাদি লাইরদনা
মনম ফাওবা নম্বা য়াদে
মনাতোন মেনশিল্লি
য়ুমবুরেম্বীগী মমাংদা
পোইলা তারিক্কা নুমিদাং
য়ুমবুরেম্বী উহন্দ—
নাশোল পিক্কা
কাংঙাগী খোঙথাংদা

চিকথাই মাংলকই তাল্লু'হুদা
পাগ্রা ফিভম মানবা
মনিংগী তাদ'ইত্তো য়োংয়ানবা।

চীনফা পুগ্রবা শুল্লাকুম
খো কাপ মশিং শোইফদে
মহৌশাগী হৈনবী ফাওবা
মিংনা কুপ্পদা য়ৌই;
"কাক কাক থিল্লুই—?"
খোঞ্জেন্দুদা থোংত্থ হাংদোরকই
ইঙ্গিং অমতং, রাসলিলা হৌরকই;

ঈথক হৌরবা মিংকুপ্পুদা
অরেং অরেং পুথৈ হকচাংদো
গুহাহুদা ... .... ... ... !

জ্ঞান তারকপদদি
মমিং তন্দন পাইরে
মশা পুম্বা চোকথরে।

মক্লাক চোকথরবা মখোংহুনা
ভুরোই ঙারোই
হায়রং হায়রং
ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে।

"য়ুন্নুরেম্বীনা ফুরিংখাওদা হুম্নুই
পাই নাতংপী'মফাও য়াওরমদে।"
নোংঙাল্লকপদা এক সন্ধ্যা
চক্ষু উয়ান থাল্লি।

# হায়জবা

অচৌ পিশক থাইদনা
অচান মিরান নাইদনা
থুদিংমক চংজফম পীবিরিবা
হে মালেম শেম্বা মপুও!

থুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা
ইবুংঙোগী চরন শোক্লা
নখোং থম্বাল নিংথিবা
চামজগে মিংকী পিরাংনা ॥

পীনবিয়ু ইবুংঙোগী খোজাল
পুক্নি তোল্লোয়না পাঞ্জগে
নঙী থুংশেমগী তাইবঙ্দা
পোকপগী মহয় য়ালহনবীয়ুনে ॥

মক্রুবা ইবুংঙোগী মিংলেন
পাংত্রবা ননাইনা শোঞ্জগে
অহিং মুংথিল অনিমক্তা
নঙী লাইনিংদা লুপচগে ॥

# তংখুবা বীনাগী স্থর

বীনাগী তারদা মাগী বাহৈসে
ঐগী খুংখত্তা স্থরগুম্না থোকখরে
মায়গৈ মরীদা মাশংনা পুথরে ;

ছন্দোকপীরম্লে বীনাগী তারতমক
চংখরে স্থরদি মাশংদা তোংছনা
শকফম কাইরবা ঐবু থাদোক্লুনা
তাংথ্রবা মাগী মকাদা নীংঙাইদনা।

চংখিদরে ইমাংদা অমুক মানা
করিগী লোংথিবা নৈচিল মরূমদা
তামরুই, খিরুই ঐনা মাবু
ওইরম্লে শাখপ তোইবা চেক্লা।

পোম্বী শমাই নৈপ্রবা ছুংশিদা
শিন্থরি পিরিক অমতং মিংম্নুদা
কনা মগুংলাংগী নত্তেকো
থবায় শক্লবী মাগীদমক্তনিকো।

নীঙরাই মুংশি খোঙ্‌ল ঐনা
চাইরমদে মাদি লৈরাংগী লৈকা
য়েল্লম্মী লৈনমতমক তাইবঙদা
পুক্লিং ছনা চুহৌরে থম্মোয়দা।

করি থল্লুরিবা ঐগী পূক্লিংনা
নোংঙমদ নোংঙমদ শিঙ্খরিবা পিনা
বাকত্তুগী মরমদা রায়েল্লি অমুক
ঐহাকপু কনাগী কনানো হায়না।

---

# তাকপিয়ু অচুম্বা

শৈশক্নে নংগী খংদেদো
করি করম শাক্লবা
মুক্লিনে ইবুংঙো তাবদা
নংগী বাঁশি খেঞ্জেদো।

ঈশৈগী মঙাল তারি
মালেম শন্না শল্লি
ঈশৈগী ছন্দ চংলি
মালং শিন্না থোক্লি:

শকচগে মখল্লি বাখন্দ্রা
ভুংইন্না শৈশক্তো নংগী
শামজবা স্থরদো নংগী
ভারোদি ময়াদে পুক্লিংদা।

কপ্পদা মথেংঙে থম্মোয়সে
নীংবা থুংবদি মরৈক্ত্রে
মাইকৈ মরিমক অসে
লাঙ্গোয় চল্লে ঈশৈনা।

## নুংশিকাদা

কথোক্লগে থরায় নুংশি-কাদা
পীথোকলগে পুন্সি পাম্মু কাদা
ঙাইজরিয়ে সিদা ফম ঐনা
হৌজিনখরে মতম কন-য়াম্না

মালং লোঙ্খংশিংমা' ঐগী
কাওথ্রিয়ে ঐদি হৌখ্রম্নু সুম
কনা খংহন্দ্র লোম্না মশুংলাংগী
থমজরিয়ে লোশ্তুনা থম্মোই কাচিন্দা।

মীপুম তিংনা ঙাংনরম্নু মাবু
লান্দেদো থক ঐগী কাদা
খাংজগে কৈদোনি তুমিন সুম
মাগীদমক খদাং মখা থাহুনা।।

## মাংখ্রবা স্বর

ঈশৈ অমগী
মাংখ্রবা স্বর
থিরি ঐনা
ঙংল-ঙংলহনা ;
থাবল লক্তা
তোংখ্রবরা
ইচাগী নোংজুনা
চামখ্রবরা ?
ঐদ খংজদে
অস্তুক চমম্লবা
থেংনজদ্রি পুন্সিদা
অস্তুক তাবা,
পুন্সি লম্বীদা
চংখিবা নংনা
নুমিৎ অতুগী
কাউঙমদ্রবা স্বর
মরোল থোক্রবা
পুক্নিং বীনাদা
তোয়না খংজই
খিবা ফংদরে ॥

# শক্লাইদবা মপু

লাক্লম্মীনে
মা, ফমম্মী নাক্লা
ঊজহৌদ্রে
মা, থংজহৌদ্রে ঐদি।

লাক্লমনিনে
চিক্লবা অহিংসিদা
পাইরকপনিনে
বীনা মথুক্তা
খোংলম্মীনে
মুংশিনা থংলানদা
প্রেমগীবু
ঈচেল ঈহৌহন
নিংশিংলিনে
শরুক মরকসিদা॥

মংফাওনরকপদা
য়েংজরুই ঐবা
অঙবু মাদি
খোংলোইনরম্লে মালং
মুংশিবদুগী
লৈনমতু য়েন্দুনা
য়েংবীরমদ্রে
ঐবু অমুক্তং॥

"পাম্মুইদকো অহিংদো চৎখিবা
ফংলবম্থু ফংহৌদরে মাবু
লৈরাং লৈনমম্থু নমহৌদরে
লকাম্মুংদা শরাদি শলহৌরে।"

# চফু

চেপাইগুম মচেৎ মচেৎ থুগাইবিরে
অথেম্বদা ত রে লৈমাইদা
অউবা খুদিং মিপাইনরে
মখোয় মতৌ উবদা ;
অমুবা, অঙাংবা, অঙৌবা,
অশংবা, হঙ্গামপাল, নাপু,
কৈদৌরে কিগোক নংদি
য়াওররোই হাইবরা উরেং ?
ঐখোই ইরক্তা লাক্লোনে
চাকথুং য়ামনা পীগে
সিংহাসন ফম লোজো।
হঙোই বোরোবী, হঙোই তোংশাং
বোল অকাম্বী মথক্তা ফম্লরো
হৈমা বোরোবী নহাক্তি
ননিং লৈবা চেমত্রবরা ?
তোংশাংনা মাং থারগনিনা
কার তোংবা তারেদো
নংগী জীপ।
ফুরিৎথাও লুম্বগী খলদম্ব
তোংশাংনা সনাপাংকী ভাক্তোন অতেকপা
বোরোবীনা লৌশিংপাংকী থরোই॥

## মুংশিবগী মবুংঙো

নংবু লাক্লিখরা অহিংসিদা
থরায় থরায় থরায়
মুংশিগী মুংশিখোইবা ;

কপচরি অতিয়া
নীংবা কায়বরা
লোৎথরি থাজসু
নীংঙম-দবরা ??

উইজন্নি ঐসু মিংকৌ কল্লা'মা
য়েংজরীনে নংগী লম্বী তপ্পুপ
থুনিং কাঙ্গাং
থুবাক লাইথল-তা
ঈখৌলাং-লাংতকনা
মুন-মুনা, তপ্পুপ তপ্পুপ ।

তোরৈ ভুথুপ
কৈদা নংলবা
উমং মচি—
কৈদা লমকাংলবা

য়েংজৈকনে ইমিংনা রাজৈকনে ঐনা
থরায়না তাজবা মুংশি লোয়ুম্বা ॥

---

# পোক্রফম লমদম

১

ইমা পোক্রফম লমদম
নংগী তম্পাক্তা চাওজবা
নংগী খোম্লাংনা হিংজবা
লাইবক কৈদা মপোক্লে।

২

লোইকী চীংনা কোয়শিল্লি
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলি
হৈরাংনা হৈমুন ফারি
চেক্লাঈ ঈশৈনা নিল্লি।।

৩

পোইরৈ তম্পাক য়েংলুই
পারি মযোম রাৎলমদে
থোনা বারিবু ইরম্মী
যুগ কয়া মূৎলরোই।।

# নাৱা পাওহং

অঙাং নাৱা ওইরিঙৈ
পলেমগী অমৃত থক্লিঙৈ
খংজদে তাইবংগী কল্লবা
উজদে লৈরাংগী নিংথিবা
উৎনবীযুনে পিক্লিবা নারদা।

অযুক্কী কোয়ৌ মশেক্তা
পৃথিবীগী মপোমদা
তিংথৌ থক্কী লিক্লানা
ইরুং ইরান তাবদি
ইবুংঙো নংগী নতাল্লা?
তাকপিযুনে পিক্লিবা নারাদা!

ফুমিদাংবাইরমগী মতমদা
কাওরেল কোঙেল কান্দা
মালং তাম্থা তুংইন্না
ফৌনানা জগোই শারিবা
পুক্লিংনা. ইথক হৌরিবা
ৱাখলনা চাংজো লাক্লিবা
ইবুঙঙো নংগী শহুম্না?
তাকপিযুনে পিক্লিবা নারাদা!

অহিংগী মতমদা
লুপা মচুগী থাবনদা
লৈরাংনা কুপাইনা শাংলিবা
হৈরাংনা হৈমুন ফারিবা
খোইমুনা কোয়না চংলিবা
ইবুঙো নংগী শক্লোল্লা ?
তাকপিয়ুনে পিক্লিবা নরাদা।



# চফু কাইরগা কাক্লা হল্লাওই

"চফু কাইরগা কাক্লা হল্লাওই"
থাম্নগী অহল লমনগী
অরিবা পাওল্লৌনি, অচুমগুইনমক
ঐগীদদি অনৌবা বাখল্লি।

রিভোল্যুসন! রিভোল্যুসন! রিভোল্যুসন!
মাইকৈ অমরোমদগী
স্ট্রাইক! স্ট্রাইক! স্ট্রাইক!
মাইকৈ অমরোমদগী;
ফক থাদোকউ! ফম থাদোকউ!
গুসিগী সরকার
খোঞ্জেল কয়ানি! খোল্লাও কয়ানি!
মতমগী মনিপুর
ইমিং অসে —উইশিলনিংলে
তমথি মিহাৎ য়েংহৈদরে
ইনাকোংসে ——মেনশিলনিংলে
শিংজা য়ৈরে
তা হৈবা ওমদরে;
অসিগুম্বা অনুতাপকী খোল্লাওনা
ইস্কাল ভুরেল কংলে
নিংঙমদবা থম্মোইগী তেংথাখোল্লা
নম্বুল ঈচেল লেপ্লে;

"অচুবৈ কাকুপী চাগোক শলায়না
ওংসিন্ন মহুম ফারি।"
মখোই মশেল অমগা অমগা বা তানরি
অচিকপা তাঙ্গা ওাইরি।
মীরক তাল্লক, মাং ছুং হন্না য়েংলি
খুদোং চাবা লৌরি;
মখোইনা অমদা কোক অমদা কাক......
ক লেনগী ককশাবী শারি।
"উ অকংবা শীং ওইনৈ
মী অপংবা লাল ওইনৈ।"
ইশাগী "ঈ" ইশানা থক্রি
ইশাগী "হকচাং" ইশানা চারি
পংইবরা শিংইবরা ?

হায়দা হায়রুবদা
ড্রেকরনা ইনবসিমওাই
পাংথোকপনা হেক্সা হাল্লি;
মীনা থাদা চতুনা লৈবাক লৌরুই
জগৎপুম্বা ওকুঙল্লি;
ঐখোইনা থাদগী হৈবোং নিরুই
থিবোং য়াওবা উংলি;
লমগী যন মচিনা ইশাগী লৈপলদা ফেংহল্লিবা
"নং-মা-ঐ" গী থম্মোয়দা
করম্না রিস্তোন্নুসন
কদায়দগী শান্তি ??

মহাভারতকী ভিমশুম নং কনথোবরা ?
নত্রবদি —
গ্রাম মিলন ঃ মিলন মুখা
রিভোলুসনবু ফংগে হোৎনরুমু
নখাং তেক্কনা তে কনি অরেম্বদা ।
অদুগা মাদি অর্জ্জুনশুম তেন্দা খুৎচুমবরা ?
স্বর্গখেৎনা পাল্লিবা
শান্তিগী চরোং
ককপা শুমগদরা ? শুমত্রবদি
তোকনি নোক্পা মাহে তাম্বনা অরেম্বদা ॥

ঐদি ইবুংঙো ইবেম্মাগী নাম শোঞ্জরি
খুত্তা মালা পরেং চৎচরি
মীওংগী ধর্ম্মা কাইহৈদে
তৌহৈদেনে ইচাশা ইশুশা ॥

কদায়দগী রিভোলুসন !
করম্না শান্তি !

# কনানো থিরিবা ?

কনানোনে নংনা থিরিবা তত্তনা
লোংলিনে যাদি অচুম্বগী লকাদা
থিরুরগন্নু অমুক যাবু নৌহৌনা
লাকচনিনে মথোংথোংনা পুনাগীদমক্তা

মপানগী অরুবা ফিজেং লৈতেংনা
চিঘানদা মুরুম মুরুম শেংনবনা
ফংঙমলোই পুন্সিগী অরান খুডম
থম্মোয়দা ধম্মুবু লৈজিনমখৈ।

যাগী মূর্ত্তি অদো লাংপনা
মমাংদা অগুম অহাও কৎপনা
ফংগদবা নত্তে মহাকী দর্শন
থম্মোইদা থৌজালবু চেলজিনমখৈ ;

চয়বা থম্মোইগী শেংলবা পিরাংদো
কংলু ভক্তি লৈনা চরন খদবু
মচুতনা পেঞ্জনি যাগী থম্মোইনা
তেংবাংবীনি অরাবা শরুক্তা মানা।

---

# ইমোম নংবু বারৈগনু

ইমোম চরৈহন চাওদমব্রিবীও
খোমলাং অমৃত চিন্দম্লিবীও
তাইবং মীরোল খংব্রিবীও
খোম্লেন ছুমখুন তালহৌরোকো
ইমোম খোম্লাং ইললমদনা
চংলেদো ইমাদি লাইরমলেনদা
পঙ্হৌকোন্দা চাওহৌরোকো।

পলেম লাইবক থীবিদি
শক্তিক মতুংইন
থবা মমৈ বাই
খোংজোমনুবী লক্তা তিল্লেদো;
তাংলৌ লৈনা খেংবদা
মীচিক মীরাওখোল তাব্রবদা
অঙা·· অঙা···· মিকপলবদা
কনানা নাওশুম শৈশক্নুনা
খোম্লাং অমৃত ইনবিগনি।

তাইবঙ মীরোল খংঙকান
নমাম্লবা মিরক তিলকান
ইমা হায়না মিঙ্গোরকান
কন না হাও হায়না খুম্মীগনি।

পাইমা পুক্লিং চিংনগন্থু
পলেম ইমাবু হারৌগন্থু
তাইবং মতম তেনখিবনা
পলেম ইশক উংলমত্রে
ইমোম পুক্নীং পেলহৌত্রে
তরা চাকন্থু ইরমত্রে ॥

নংনা হয়েং চাওরগা
ইমোম শায়েপ ফারগা
নংবু পোকপা পন্থোগী
সেবা পন্দোম লোমমকউ
ইমাগী লমল শিংলমউ
ইমোম নংবু মুংশিবীও !

---

# কৈকলনো নংগী লৈফম

তাইবংবু শেম্বনি হায়বৈ নংবু
শক্লাইদবা জগংকী মপু নংবু
করি করম্বা শক্লোন লৌবগে ?
তাকপীয়ুনে খংজদ্রবা ননাইদা।

শরত ঋতুগী মেরা থাদবু
সনামচুগী সনাহৈগুম শাংপরা
বসন্ত ঋতুগী লমদা থাদবু
নুপা মচুগী থাবনগুম ঙানবরা
তাকপীয়ুনে খংজদ্রবা ননাইদ।॥

কুম্বী কালেন নাইদনা শম্পোং মাংদা থারিবা
লৌমী মহাক্কী মতুংদবু ইনবরা
অহিং খুংথিল খ দনা উমং মচিদা লাইনিংলিবা
যোগী ঋষীগী মনাক্কবু ফম্বরা ?
তাকপীয়ুনে খ জদ্রবা ননাইদা॥

বাংলবা লেইবী চীংগী চীংদোন্দা
তলা পামেল ওইনবু ফৌবরা
লুরবা সমুদ্র লাইজ ইরোম্নংদা
মনি মুক্তা ওইনবু তাবরা ?
তাকপীয়ুনে খংজদ্রবা ননাইদা ॥

---

# সিংহাসন কারুবদা

মভুমদগী চংউনবা
ইমা ঈপানা থাকপীরকই।"
( ঈমা ঈপা মিংনা উবা লাইনি )

হুমিং খুদিংগী পোবী ঐবু
ঈমাগী মনমগন্দুদা
করিগুম্বদমক্ত মাংশিল্লি ঐনা
ঈমাগী মতম্পাক্কুদা
ঈমানা হঙ্গোয় ভুক্কচদনা
মশামক্কী ঈ মত্যুম্মক্কিনা
লৌখোক চামথোকপী

অমাংবশিংদো।
মরম মরক্কক্ত বাবানা
ঐবু পম্বী হুংশিনা ।

চাওরে ওসিদি ঐহাক
হিংলে তাইবং অসিদা
তাইবং মীরোল থোক্লে
তাইবং চিঙ্গাক চারে।।

পুন্সিগী অহানবা তাংককসিদা
ঐ করি তৌবা তাই
ঐ করম্বা হিংগনি
শোক্লবনিনা সংসারসিদা
অমাং অতোং থিথিগনরা ? অহুগা .....

ঈমা-ঈপাগী লমলদি কদোমদা ?
খৌদোক খৌরম
খৌদাং কয়া
নল্লরি ইকোকথল্লিদা
খোংকম অমা শোয়বদা
পুন্সি অমা শোয়বনি।

অদুবু :—

করম্বা ঐনা মায়োক্নরনি ?
রাখল অহু খনবদা
স্বর চনিং স্তানা
হোনবা ঙম্লক্কে
খৌনাও চরম ফুল্লকই।

নিংশিংবা তাই
মমি শামি ওইনা
ইমিংমক্না তরং তর না উরূপ্রবস্থ
ইনা মক্না তশেং তশেংনা তারূপ্রবস্থ
য়েক্রম্বা ইতিহাসকী লমায়দদি
"মমতাজগী সম্রাট শাহজাহান
শাহজহানগী মমতাজ বেগম।"

অদুবু করিগুম্বদগু—
মপু মাগী খৌশিল
বিধিগী নোংদমখোল !!
মুংশি খৌরি তংখি
প্রেমগী লাইজ ঈকৌখি।

লৈঙোই শেক্তগী লমদম
ঈথক্পা ঈরং ফুবা লম
যমুনা তুরেল মপান্দা
শাথিবা মুংশি তাজমহল
স্মৃতী পান্দম শক্লিদো
নিংশিং খুভম ওইরিদো।
সম্রাট শাহজহানগী অরোইবা য়াহিপ্পা
শুপ্নগী সিংহাসনগীদমক্তা
মচানিপা ঔরঙ্গজেবকী মখুত্তা
য়াংলবা কৈশুমশং মনুংদা
প্রেমগী লাইজদি ঈহৌরক
চীংমুং ঈফুৎকুম চেন্থরক্লিবা পি!
পিগী পিরমদি থিংগুমদ
মিৎমু পিয়াং পিরোইনা
কংলবা চাইরুং অনিদা
শিন্থরক্লিবা পিম্
মঙ্গুনরবা ফিজিনা তৈথোকচরগা
মিঙ্গংথোংগী অকোবদা
মথশ্মোয় মমতাজ বেগমগী
মুংশি খুদোল তাজমহলবু
হন্না হন্না মিৎকুপ্পুনা য়েংজরগা
মথশ্মোয় খুত্থম শু
চিন্নান অনি কুক-কুক চিক
প্রেমগী থৌরিনদি চেৎলক
য়াংজেদো শাহজহান মথশ্মোই!।

বাল্মিকী মুনিনা "রামায়ন'' ইবগুম
ভারতকী ইতিহাস ইবদা কাওরবা
ডাক্তর মজুমদারনা প্রেমিক প্রেমিকাশিংগী
মুগুগোল বাখি ওইনা ইরম্লবরা ?? নত্র'স্ম........

ইংলণ্ডগী ফাওরবা নাট্যকার সেক্সপিয়রগী
চিত্রকারগী লৈকোন্দা য়েংলুরবগুম্ব
ক্লোওডিশনা মতৌ করম্না
নহা ওইরিবা হেমলেটকী মপাবু হাংখিবা
মুংশিবগীদমক্তা ? অপাম মিহোৎবগীদমক্তা ??

হেমলেটকী মথক্নে য়দা
মপাবু মুংশিখিদত্রা
পুন্সি চুপ্পা লমন তোনখিত্রা ??

অচুম্বগী মায়েক্তা
আন্ধংবিশ্বাসকী কুয়োম্না
কয়া থানা কুপ্পা ভমখিবা ?

ঐগী .......
নংগী ...... ..
মাগী ...........
আশা.................
পূক্নিং .....................
বাখল .................... .....

লাপ্পা থৈদোকপ্রবা ছুংদা
ঔরঙ্গজেবনা কনানো ;
হেমলেটনা কনানো ??

মখোয় অনীমক কল্পনা বারীগী
অথোবা চাক্করা
অহুম ওইনমক !!
ঐবু পোকপিবা
ঈমা-ঈপা মুংশিবগুম
ঔরঙ্গজেবকী মথক্লোয়মুংদা
মমা মপা মুংশিবগী
প্রেমগী ঈরিক থরদি শিন্থরম্লোইত্রা ?

---

## শম্বল

লৈহৈদরে !
হিংহৈদরে !!
পালহৈদরে !!
সংসারসিদা—তাইবংসিদা
১০% সুমিৎ তরানিদা ( লেপ্পোয় )
উতোং থাবী ফো শংবাই ( অমা )
লুপা ৬৫/—

ইনাক খুনবা স্বর্গ খেৎলে
লাইরবা পতাল য়ৌরে।
পতালদা চংলে খুর ফুল্লি
মালেমদা লেপ্লে চরি তৎলি।

নুজা নম্লে
কোকফাই কারে
ফৌবোৎ চামা, চনি, চাহুম।

মমলগী ঈচাও তায়রি।
"হরে কৃষ্ণ হরে রাম
দাই লৈতে।"

কম্যুনিজম! কম্যুনিজম! কম্যুনিজম!
থবাই! থবাই! থবাই!
শোল্লুনে লাইরবশা ॥

# শেমগৎপিরো

## ( An Ode )

১

নোংচুপ চিংশাং মকুমদগী
পুরক্লে হুমহুনা খুংশিংনা
অমওবা নোংগী মপৈ।
শিৎলক্লো নুংশিং বা'বু!
তারক্লো নোং বা! বা!
শার্বক্লে জগোই নোংথাংনা
অতিয়া মকোয় খুংনা।
থেংগাইনরে নোংথাং অনি,
তারে বজ্র প্রাক! প্রাক!
ঐগী থম্মোয় ঈপাক্তা
নুংঙাইবগী ঈথক হোরক্লে।
কুইনা ময়োল চোংলুহ্রবা
ঐগী অশাগী পাম্বীসে
নোনা ময়োন চোংদোরে।

২

অশ্বানি মপু মাগী
শেমগৎকে থনবা জগৎপু
মাগী অনিশুবা খর্গ।
মথুৎলাই ওইনবনি
নোংবু, নুংশিংপু

শিংলক্রো নুংশিং রু ! রু !
হুমদোকখিনবা মৈখু
জগ পু কুপ্লক্লিবা
তারক্রো নোং রা ! রা !
চামথোক্লবা পাপকী উফুল
জগৎকী মশাদা পক্লিবা।
অচুম্বা মশক তাকপীরো
অরানবা শক্তম উৎপিরো
খঙজরগে থেৎনবদো।

৩

শিংলক্রো নুংশিং রু ! রু !
তারক্রো নোং রা ! রা !
লম্মাংমরবা জগৎ
লমজিংবীরো নখোয়না
স্বর্গগী মায়কৈদা।
পাওতাক পীত্রবা জগৎ
পাওতাকপীরো নখোয়না
অচুম্বনা মথৈদা জয় ওই।
শান্তি ঈরা থিকপীরো.
থম্মোয় শান্তি পীবিরো
খাংওমদ্রবা থম্মোইনি।
শিংলক্রো নুংশিং রু ! রু।
তারক্রো নোং রা ! রা !
শেম্লো জগৎ অনিশুবা স্বর্গ।

## রাধে-শ্যামগী নামদা মৃত্যু

ইবুংঙো ইবেম্মী ১০০/—
অমেরুগী ৮/—
চিন্দা মুরুম মুরুম
খুত্তা সোং সোং
রাধে শ্যাম রাধে শ্যাম
ননাইবু সেবা ফংহনবীয়ু!

"ইচাশা এঙ্গাং হাওমন্রে
শারেনশংগী মনিত্ত কৌরু
য়েনবা অ চৌবত্ত য়োংম্বোকুবা
ঙা চরা অমতং 'চাসি"।

য়েনবা করি খনখি
খোংবা খংলেপ লেপখি
মগুক থাঙজত্তুনা তারমই
খোঙজেল খোক্লা কপ্লমদে
মরূপ মপীঙা বিদাই পীরমই॥

চেরি-অপ তাই
ফিপটি ফিপটি বন্ধু
তা-মনি মখোং অঁৌদা ?
অহুগা মথাই অমতংগা ....?

রামন' কৈনে ঙসিগীসি
ওম্বোক্লা ওইনমনা হাওগ্রে
য়েম্বা অত্তগী থবাই চেক্লা
রাধে-শ্যামনা লানখিরে।

---

# আশাগী তুরি

নোংমতং,

বাখমা ইথক হৌরকপকান
পুক্নীংনা লৈশাং তমকপকান
নিংশিংলকখি হৌখিবা কয়া
ঙসিতমক থোকখিবগুম
হৌজিকতমক চংখিবগুম,

কয়াদা হায়রবা ঐগী পুক্নি
কয়াদা চোকথরবা ঐগী হকচাং
পূমনমক অরেম্বা ওইরে
ঙমনমক ঐগী নিংজবা!

মপাং কায়নরবা পোম্বীনা
নৌরেল য়াওত্রবা ফিনাও থেংনবগুম
শুক্ক ময়রবা অহিংসিদা
ঈদোম তথক লেপহৌরে,
পাম্বৈ লৈত্রবা মপোক্নি
কনা মঙ্গা উত্রবনি।

সরকী চিদাই ঐগী লম্বীনি
অচিকপা অহিং ঐগী থরাইনি
সহরগী নিপথোংবা ঐগী য়েক্লবনি
অয়ুকী ফজবা ঐগী পুক্নিংনি
ফিজেং লৈতেং ঐবু নোক্লবনি
ফিজেং ফিগাই ঐবু চানবীবনি।

অনুম্মা লেনবা পুক্নি ঐগী
করি লানথিদেদো থক নঙোম্বা
ইরানদো থিবদা ঐহাক্তি
পিগী লমদম তোয়ক্লেদো
অরেপ্পদা শিন্থক্লে ... .. অরেপ্পদা।

অনুম হৌখিবনা ··· হৌগ্রবস্থ
শকুম অমদি য়েকহৌরি
আশাগী মঙলান্দুদা ওহাক্তং
কাওঙমক্রবী মুংশি শকুম
আশাগী ভু রনা—ভুরিনা

মল্লবা থম্মোয়গী চেনাদা
'মুবা মচুগী কালিনা
পুক্নিসিগী মুংনাইদ + +
অনুম্মক অনুম্মক।

---

# পৃথিবী মতুম ভাই

য়েক্লম মওং মালি
পৃথিবী মতুম ভাই।

য়েক্লমদগী য়েন্নাও, অমুবা, অঙাংবা, অঙৌবা,
পৃথিবীদগী মীওইবা ; তোঙান তোঙাম্বা জাতি।
মকোলদি অমতমক
মিচং শক্লদি নাকপাক নাকপাক
অমগা অমগা ........।
অমগা অমগা .......।



# ইমাগী দমক

ঐখোয় পুম্বা লেপলসি
ইমাগী মিংথৈ শোল্লসি
জাতি বিজাতি খাইরোয়সি
অচান মীয়াম নাইরোইসি।

ঐগী নংগী মাগী পাক্কল থৌনা
ইমাগী খোম্লাং অমৃতনি
পলেমগী য়াথং থুদিং
ফিগাও শানা য়ারসি

কুম্লাং কয়া য়াজরক্লবীনি
মচা ঐখোইবু য়োকপদা
মোতাই শুদাইনরবা ফিজেৎনা
মমাগী মিরক তিল্লক্লবীনি॥

ইমাগী লমন শিংলসি
মচা পোকচমল কাম্বহল্লসি
মাইথোং মকা লামহল্লসি
নিংজবা আশা থুংহল্লসি॥

---

## হঙ্গী মী

ইমা ইপানা পোকপিরে
থরায় পাল্লি, লেঙও‍ৎলি
অহুঙৈ ময়াগী ঈপাক্পা লুপত্রিবৈ

মপুঙ মরৈ ফারবা শীংচেলগুম্লবা
নিংথিজৈ মিংকুপসিদম্দু
লৈরমগনি লৈকাডু হায়দোকলূরবদি
অঙকপা দৃশ্য অমগী
শুঙ্গাংপ' পোংশক অমা .... ...... ?

ল্লুনা চান্না থম্লবম্দু
লোংশিন্দুনা কনাগুম্বগী মফমদা
নোটকী শঙুম ফংবদা
মদোম ডরক লৈকাদো
কর কর হায়দোকচখিনি
হায়দোকচখিনি ।

( থা ৭/৩ গী চেকোং "কুমওন" দা ফোংত্রবা শৈরেংনি । )

---

# তাইবং ঈপাক্তা

শকহৌখিনি ঐদি ঈশৈ
নংমা চংশ্রবস্থ ঐবু থাদোক্লনা
শকপা তাবনি ঈশৈ
ঐনা হিংলিমথৈ, খোংচংনা লেপত্রিমথৈ।

লোমখিসম্থ বারী কয়া, খোংচন্তুদা
পুন্সি কোঙ্গোল তাকপগুম, মুংখিসম্থ
লেপকৌথিনি, ঐদি লোইদরি থোঁদাং
পোকপা. শিবা. হিংবা, হিংদবা, নাচুংসে।।

মালিকান' কেনবা লৈ'থাক লোইবরা
মালংবনা হুমা মপু মাগী শিঙ্খার
কপ্পা নোকপা ময়াগী লাংলা
অরাবা হুংঙাইবা পুন্সিগী থে'দাংলা ??

থেংনবা তাবনি থৈনবা তাবনি
অরাবা থুদিং মায়ো'ক্লকতুংদা
করিগুম্বা শোক্লবা পম্বুংগী ফিরাল
নংগী খোঙ্গেন্না মশু'ক্লগনি ঐ, মিংকুপ্তুদা।

শোইত্রবনি মালিকাদো মপুন্সি লে'ইবনি।
কনামতগী মরাল নত্তে ; মহে শাগীনি।

শককৌখিনি ঈশৈ চংশ্রবস্থ নংনা
নংগী খোঙ্গুলদা সুরগী ঈপোমনা
চামথোকচসম্থ মুংখিনবা তাইবংদা
থম্নরোই য়েক্লরোই কংগী থম্মোয়দা।।

# অচোউবা শল্লাং

লাংবন থাগী লৌবুকশিংগী
মন্নম কয় পুরম্বুনা
লাক্লে খাগী নামিবা; ।।
লমখুমু অনী হুমিং চুপ্পা
খোংলি পোথাবা নৈতনা
পাইরক্লি খোইমু অমা
মুক্তোল ঈশৈ ওংহুনা
লাংবন থাগী লৌবুকশিংগী
মপাও কয়া পুরম্বুনা ।।
ইথন্নতগী থম্মোয়না
তাম্লবা বাঁশি খোঞ্জেলনা
লেংজরমই অত্যা থন্না
অচোইবা শল্লাংগী ঈশৈ
পামেল উরমখাদা ফমহুনা ।।

## কাউবীগগী হে মপু

ঐনা চংঙ্গ্রবসু লাপ্পা
অচুবু নিংশিংবীয়ু নংনা
উবা ফংঙ্গ্রবা মিগুম্মা
লৈরি ননাক্তা লেংদনা ; ( নক্লা )

নোংমা লেপগ্রবসু শান্নবা
বসন্তগী চিক্লবা অকিংদা
নোংমা শোয়গ্রবসু লাকপা
শরতকী ঈংলবা অয়ুক্তা
অচুবু নিংশিংবিয়ু নংনা
ঐ লৈরি ননাক্তা ॥

প্রেমগী ঈরা চেল্লবসু
মিংস্ন' থম্বাল অনীদা
তরং-লাইজ ঈহৌরবসু
মিংল্লু নাপোম অনিদা
নিংশিংবীয়ু নংনা
ঐ লৈরি ননাক্তা ॥



# খোংথাং

নখোই করিগুম্বা তান্রিবরা
মাগী খোংথাংগী মখোল
অদো লাকই মাদি লাকই ;
যুগ যুগ মিংকুপ থুদি দা
পুংজা পুংজা অহিং থুংথিলদা,
অদো লাকই মাদি ইনাক্লা ;
ঈশৈ কয়া শকপা মতম্দা,
নিল্লি মাগী ছন্দ সুরপুম্বদা
কুম কয়াগী বসন্তগী থুমিত্তা.
ঈচেনগী অমম্বা নোংগী দোল্লাইদা,
অদো লাকই মাদি ইনাক্লা ;
থেংনরবা রাবা কয়া ইথক্লা,
তারি মহাক্কী খোংথাং হকচাংদ ;
শোক্লি তপ্পা থুডংবা মতমদা ।।

# থম্মোই অত্যাগী নোংথাং

নহাক্কা সন্ধ্যাগী নোংগী পরেংনি
নহাক্কা ঐগী অচেংপা লাইনিংনি
ঐহাক্কী চিক্লবা অত্যা চারিবা।

ঐহাক্কা ঐগী থম্মোইগী ফজবা
তিন্দুনা শেম্লবনি শকওই নহাক্কী,
নহাক ঐগীনি অরেপ্পা খোংলোই
ঐহাক্কী চিক্লবা পুন্সিদা তিল্লিবা.

ঐগী থম্মোই শাঙ্ত্রান মচুমা
নংগী খুয়া তওাংহল্লবনি
ঐগী অরা সুঙ্ঙাই নিংশিঃদনা
নংগী চিন্বান ছুরিনা য়েক্লবনি ;;

ঐগী স্নঙ্গাং মংলানসি য়েক্লবনি
নহাক্কী মিস্না থম্বাল অনিদা
ঐগী ঈশৈগী স্বরস্থ তিল্লবনি
নহাক্কী লকা কয়াৎ খুদিংদা ॥

---

## সাধনা

"কনা লৈরি নহাক নত্তনা
শিরগা মম্বা তাইবংশিদা ?"

কিরবা তাইবংগী লম্দেলসে
থল্লি তিংখং ভুম্বৌমক্তনা
ঐখাক্তি চৎচগে ভুমিননা
নুংশি শক্তমদো লাক্তুনা

পুক্নিংগী প্রেম মন্দিরদুংদা।

অদুবু খাদোকপীগন্, ঐবু
লোইরগা কৌশিনবীয়ু খুয়াদা
অবাবা নুঙাইবা পুমনমকপু
থওইজদে অপাম্বা পামদবা
পামজৈনে নহাকী খোজালতবু।।



# থৌজালগী মৈরা

মাদা উন্নিবশে শান্তিগী ঈপাক্তি
    কোরো হিরেল হে হিনাওশাবা
নংনা পুন্সিগী পুন্সি লোইনবনি
    তশীরো তম্পাক অয়াংবা খোংজেল ;

খৈনাইদ' তাইবং লশীদা ওান্নি
    অশেংবা মন্তান ধ্রুবতারাগী
মুক্তি পীনব' নঙী থৌজালনি
    ওইরনি চেংজেল পুন্সি খোংচৎকী ;

চোকথর' হকচাং কয়াত্তা হন্ননি
    ঈংলবা শহুম্‌ মালংবগী
তেকথৎলসনু পুক্নিং অনৌবা যাইথোংনি
    শকনি মংলান হুন্ডাইবা পুন্সিগী।



## শজুম

লোইরাগী লিরি মালঙবা
হে লম্বীগী লিরি মালঙবা
হায়রিয়ুনে হারিবাক্লোং
নানরিয়ুনে পামেল নানৌশিং;
নংগী ঈরাং হোবা বাঁশি
হংখিদে শজুম খ'হৌদনা
ঐগী পুক্নিংগী উশাগী উশাদা
রাখন অসে ঈহৌরক্নুনা
নংগী চথোক চংশিন
নংগী খোংথাং মরোন
ভাজেনে নাপচিক্লা
কাওহল্লিনে রাহৈপুম্বা।

# নমহৎখিসন্ন লনদি অচুম্বনা

অশি ঈপাক মপান্দা
নিংশিংলি নখোয় শিনাইদবা
শেমজ্রনা থনম্নে তাইবংদা
নশাগী ফজবা নমুম ;
তাইবংদা থাজম্নিবা
অনৌবা মৈরিগী মঙান
জগৎত্তা পাওজেল্লম্নিবা
অনৌব থবাইগী য়াবা
নিংশিংলি নখোয় শিনাইদবা ॥

বন্দীবু পিবীরমলে
মুর্ত্তীগী ঈংলবা অমৃত
অচুম্ববু লৈতেংলম্নে
মালেম শম্না বরমালা
বসন্তনা জয় ওইরসন্তু ॥



# থৈনাইদবা

পুন্সিদা লৌইখিদ্রবা
লাইনিং লাইশোল পুম্বা
খংইনে ম'দো খঙই
মাংখিবা নত্তে অরেম্বদা;

লৈরাং অদো পোমদ্রিদৈদা
শীঙ্গেল অদো শাদ্রিদৈদা
কেনগ্রবা মালেমথক্তা;
ভুরেল অদো লৈকংলাদা
ঈচেল লেপ্পা থকগ্রবা
মাংখিবা নত্তে অরেম্বদা।

পনসিদা ঙসি ফাওবা
ভুংহুনা ম্বুম লৈরিবা
খংল্লুদনা নংগী বীন'দা
মুংশিবা ম্বর নিঙ্খিবা;

খঙইনে মাদো খঙই
মাংখিবা নত্তে অরেম্বদা।



# হিংগু সমাজগী রাংমদা

নংবু হয়া য়েংলমদনা চৎখ্রবা
অহুকপা লম্বীদা কনানা য়েংকলুবা
তিংথং চুম্বৌনা থক্লুবা লম্বীদা
অহুদি নহাক নদোম নেংলুদনা ।

কনানা মৈরা মচাল পাইরক্রবা
অথাক অয়াও নোংহৌগী মহুবা অহিংদা
য়ুমথোং খুদিংগী থোং লোনখ্রবা
নশাগী হকচাংনা মৈ চুথক্লুনা
মৈরি অহুগী মৈচান অহুদা
অহুদি নহাক নদোম চৎলুদনা ।

কনানা সুংতাই মতেং পীরক্রবা
খুদোংথির' নংলবা মিৎকুপকী চিরবা মতমদা
মীপুম খুদিংগী থম্মোয়না উত্রবা
নশাগী মীনোক্না আশা ওইহনা
আশা অহুগী মংলান অহুদা
অহুদি নহাক নদোম নোক্লুদনা ॥

---

## বাঁশিগী সুৰনা

ঙসি হৌৰোইনে যুমদা ঐদি
লেপ্লনি মতমচুপ্পা বাঁশি খোংলগা
ঙসি ফৌগী লৌবুক্তা শান্নরি
খুংগা উৰুম কেকু লোংপী
শংবান নোংদোল অতিয়াদা তাওহল্লি
অঙোবা লৈচিলগী পোঙ পরেঙ ;

ঙসি কাওরে খোইমুনা লৈহিচুপ্পা
শুন্দ্রং ঙাওদ্রুনা মঙানদা পাইরি
ভুরেল শেক্তাদা চিক্লা শান্নরি
ঙান্নু খঙোং লাবা অমোম ॥

থাজনা মোমোন মোমোন নোক্লি
শরত ঋতুগী ঈংলবা অতিংদা
নোংইন্না শাথপ তোইনা পাইরি
ৱাহৈ কয়াগী অনিংবা মরুমদা ॥

## ঈপোমগী ঈপাক্তা

ঐগী থবাইনা
মিংকপ থোকচরক্নুনা
ফম্লিনে ঐনা ঙসিদি
নুংশি থম্মোয় মনাক্তা ;

মোমোন মোমোন নোকচরি
—থবাইনা
মূনা মূনা য়েংজরি
ঐহাক্কী মাইথোংদা
নুংশি চুপ্লিগী ঈপোম মরক্তা
শারি জগোয় নুংশিবা থম্মোয়না।

থবাইনা হরাও মিশাই য়াম্না
হায়জরি নিংজবা বাহৈ কয়া
লাংতক্লা পুক্লিংবু ঈথৌ লাংনা
ফমজরি নুংশি থম্মোয় মনাক্তা।।



## মমশিল্লক্রবদা

১

থেংজিল্লক্লে মতমসে ইতাঙোই
ঈশিং শোক্রুরসি হিদেন্দা
পুক্সিগী অমুবা লাইজমুং
সন্ধ্যাগী মঙাল হৈথরক্লে;

২

মন্নবা উপালগী মতোন্দা
অয়েকপা থাজ থোরক্লে
সরত খুত্তুগী মালেমদা
নোংমদোল লিক্লা তারক্লে

৩

খোয় খোয়বা লম্বীদা
তমগী খোইমু পাইরক্লে
ওয়গী লমজাও লম্পাক্তা
ঈচিক্লা ঈপোম হৌরক্লে
য়েংকী রাপলন ইমং মংনা
মশা মরেং হাইথরক্লে।

———

## কঙ্চবা

হো হিহোনবা
লমদম কদোম পাংলিবা
থাংলখো হি অমুক্ত
তোর্ব্বান্দা লাক্কুনা

তম্মিংবা—
পোইরৈ তমজখো
চংনিংবা—
লম্বী চংচখো
পিনিংবা—
কনাদস্থ পিজরু,
কংনিংবা—
কনাদস্থ কচ্চরু
লৌবতদি লৌবিখো লৈজবসে
ঐগী স্নাগী হিদেন্দা লাক্কুনা
নিংবা থুংনা কয়া পুবিখো
নঙ্গী হিথক্তা হাপ্পুনা
পিজরে লোইনা লৈবমথৈ
পুবিরো মরাং কয়া কাইনা।

---

# হিনাওশাবাও

ঈশৈ শক্লা হিহোনবা লাক্লিসে ঈপাক্তা
খঙগুমস্থ ভোই চেংলৌ উরগা
পাশৈ লৈজবা ঈথক্লা য়ৈরি
মাগী হিরু নাকল অনিমক্তা।

অত্যা মকোইদা
ডুংলি নোংনা
ঈমায় চোম্না
চেল্লি তুয়েলনা
মাইগৈ মরিদা
শাগ্নরি লাইজনা
ঈঙেন নোংদোলদ৷
পাইরি লৈচিলনা;

নোংমা কপ্পা খুঙ্গঙসে
থুংগনি খল্লুই'
অয়ুক্না য়েন্দা অঙনবা মিকুপ্তা
পাক্লবা লৌবুক্তা এদি ইথনতা
য়ৌরক্লে মাদি এগী তোর্বান্ন।!

## খুদোল

লৌমীনা যম্পোৎ খোইরি
লেন্নি মতম লৌবুক্তদা
অয়ুক্কী যাচংকাওবা
মুংঙাই রাগ ঈপাক্কা;
মুংশা শারি নোংম্ব ছারি
ফৌনাগী উমঃদা নিক্রি ফৌনানা
পুখরি লোইয়া মালংনা
লাংবন ফৌগী মনমবু;
অশংবা থবাইগী শৈরেং
লেংখরেনে পরেঙ পরেঙ
ঙাওরিনে কবি নহাসে
জগোয় ঈপোম ছন্দদা;
ফৌনানা হয়াও ঈহৌরে
মালেম শিন্না নোকখরে
ফিয়াংগৈ সনা মুংশাদা
মেংলবা পুর্নিমা থাবন্দা।
উনবী পুক্লিং পেঞ্জরে
রাজমল মহয় ফংজরে
ফৌনা ফৌগৈ থল্লবদা
কুবেরগী পুক্কৈ চোয়বগুম,
"লৌমীগী মিংচৎ থমদরে
অরাম্বা কয়া কোক্করে
লৌমীগী খুদোল তমখরে
তঈবং থরাই হাপ্পীরে।"

# লোই-নাইদবা

নংই অরাবা,
থেংনৈ অশিবা
ফংইনে কাইনবা মৈচাকন্থু
নৈরি শান্তি,
নৈরি মুংঙাইবা,
নৈরিনে লোইদবা মহাকন্থু।

ঈচেল কয়া ইঙেনগী চেন্নি
কোরৌ থাজ থরানন্থু নোক্লি
বসন্তনা লাক্লি রাগ ঈপা৺া
ঈথক্লা মাংগ্রন্থু হৌরিনে ঈপোম
নৈরাংনা কেনগ্রন্থু শাংলিনে শীঙঙেল॥

মাংবা নৈতে
লোইবা নাইদে
নৈতে নৈতে অবাংপা পুন্না
মপুং ফানা পীনৈ মফম
নৈনাইদবা মাগী থৌজাল॥

---

# পম্বুং করিনো ?

হে তাইবং মীওইবা—, নংগী হৌবা লোইবা করিনো ?

খংদে, উদে, তাদে

কনাগী শম্মোয়না, কনাগী মিংবা, কনাগী নাপনা

নংনা কৌবদা কনা লাক্রুবা

নংনা শাংবদা কনা খুমক্রবা,

হন্না কৌরুম্নু,

হন্না য়েংলুম্নু,

নংতনা লোইরবনি মালেমসিদা।

নংবু উরগা মাই ওন্থোক্লুনা

লোইনা নৈথ্রবা লোইনা কিরবা

চিন্নান থোক্রা পুক্নিংগী বা

.... .... .... ... ... ....

অহৃদি হায়রুনে থবায় পেন্না।



# ভক্তি

লৈজগে ঐদি আসনখাগী লৈমাইথকতা
তৈজগেনে নংগী খুয়াখাগী উফুল।
করিগী ঐবু থমলি লাপ্পা নাপলগী তাইবংদা
চিংশিনবিয়ু নখুয়াদা কাউবীগন্ ঐবু
পূন্সিচুপ্পা অন্থম তৌনা নহাকতনা
করিগী ঐবু থম্লি লাপ্পা নাপলগী তাইবংদা
ঐদি নংগী নমিগী ভুংইজগে খরায়না লৈরিমখৈ;
লৈহনবিয়ু ঐবু নংগী চরনখাদা, নোল্লুকচরি
নিজরোট করিসু পামজৈনে থোজালতবু।

---

## মহাও তংলুবদা

অশিনবা
অথাবা
অয়াকপা
অথুম্বা
} মহাও তংলুবদা

নুংঙাইবা মিংকপ্তা ! { পেনবা / নোকপা / খেবা

অৱাবা মিংকুপ্তা { কপ্পা / পেন্দবা / পিৱাং

নিংশিংবা
খল্লকুবা
মৈচাক
মৈশা
লৈকংলা
} নুংশি ৱায়থুংনদ্রবদা ?

শোক্কা-পক্ক শম্নৱমদ্রবদি

মহাও তংলুবদা

| | | | |
|---|---|---|---|
| পেনব | কপ্পা | অশিনবা | নিংশিংবা |
| নোকপা | পেন্দবা | অথাবা | খল্লক্লবা |
| খেবা | পিৱাং | অয়াকপা | মচাক |
| | | অথুম্বা | মৈশা |
| | | | লৈকংলা |
| | | | ফংলমলোই ॥ |

# কাইনথংদা

হকচাং নাপ্পি
ইশক ফজে
মথোক কারকপা মতমদা।
লৈরাংনা য়েংই
শীংজেললনা নোকই
ঐগী ইতৌথুমক উবদা!
চহি চুপ্পা ইপ্পা ওইদে
কৃষ্ণ জন্ম থৌরানি জন্ম ওইখি
য়াওশংশু ওইরকখি লমদা থানা লাক্লবদা।
নুংঙাইবা কয়া লোইরগা
অরাবা খুদিং লাকপগুম,
নাকেস্থাস্থ লাকখি পুম্নমক্কা চংপ্রবতুংদা॥
ঐগী পুন্সিগী অহানবা ডাইরি
ইং-শোক ১৯৭৬
অহানবা লমায় ... .... ... ....
মিস ... .... .... ... .... দেবী
এড্রেস ... .... ... ... নাইবোরিং;
কাষ্ট ... ... .... ... ননএলাইয়েন্স;
এক্সটরনেলগীনা .... ... লোকেল স্টির
ইন্তরনেলগীনা .... ... সুইট হার্ট।

ফোংদোক্লবগীদমক :—

নোংমা জুমিদাংবাইরম

গুড ইভিনিং মিস .... ... দেবী

নো রিপ্লাই, পাউখুম পীখিদে।

হন্ড্রেড টাইমস রিকোইস :—

মিস ... .... .... দেবী

মিস .... .... ... দেবী

মিস .... ... ... দেবী।

( মমৈথংদা পেংলকখি মাগী থম্মোয় )

চৎমিন্নৈ কোইমিন্নৈ শান্নমিন্নৈ

খ্বাইদগী হেন্না চান্নরে।

নুপীগী থম্মোই কুপলিবা নোংথাং অমনি

লৈরাংগী শক্তম খ্লবু থুদিংগী অহোংবনি॥

ঐগী অশোয়বা :—

ঐ ডাক্তর নত্তে।

ঐ ইঞ্জিনিয়র নত্তে

ঐ প্রোফেসার নত্তে

লাইরিকন্থ হৈতে

ইনাকন্থ খুনদে

ঠিকাদারন্থ নত্তে

মহাজনন্থ ওইদে।

( মমা মপানা মচাগী মপুক্লিং ওনহনখি )

কাইনথংগী :—

মাগীনা পুন্সি অমা

ঐগীনা পুন্সি অমা॥

## ১৯৭৬ ইংশোক

ঐগী সুংশিবা নখোয়গী সুংশিবনি
মাগী সুংশিবা মখোয়গী নুংশিবনি।
ঐগী অধিকার নংগী অধিকারনি
মাগী অধিকার নংগী অধিকারনি;
লৈখোকতা শাংপা লৈরাং
মপু তরাগীনি
জগংকী নুপী খুদিংমক
নিপা পুম্নগীনি।
মতম পুখদা :—
মিসকী থোজাল ফংই;
তোইগুম্বা :—
চংনবী কিশি থোকপা তাখি।

ইং শোক ১৯৭৬
তাং ৩১/১২/ ডিসেম্বর
লাষ্ট পেজ ··· · ঐগী ডাইরিগী
( মার্ক ফোর হার মেংরিএজ )
ম্যোরদ মিষ্টর ··· ··· ইম্ফাল
ম্যোর দ পার্টীকুলার ···· ··· কেপিট্যালিষ্ট
মেরি দ কষ্ট ··· ··· ইকওয়েল।
( চহি মরি থোক্লে )
নিপা অমগা নুপী অমগা
মিসেসকী ··· সার্টিফিকেট
ঐনা থৌজিক পাখং !!

# বাহং নত্তে

হংলিবনো করিগীদমক নংনা ঐগোন্দা
ঐগী জাতিগী মরমদা ?
ঐদি হিন্দুসু নত্তে, মুসলিমসু নাত্তে
বৌদ্ধ ধর্ম্মসু চংতে, খৃস্টান লাইনিংদসু লুপল্লুদে।
জৈন্যগী শাগৈদসু পোকল্লুদে ।
শুদ্রগী শাগৈদসু তিল্লুদে
ঐদি জগৎ অসিদা পোকপনি
ঐদি জগৎ অসিদা চাওবদি।
স্বর্গ ইপানা কোনবনি
মালেম ইমানা নাওয়োকপনি
ঐগী ধর্ম্ম নৈতে
ঐগী জাতি থংদে।
জগৎ অসি ঐগীনি
মালেম অসি ঐগীনি
চাংলিবা লোন ঐগীনি।
মীওইনা পোক্লগা মী ওইনা হিংবদা
থাজবা - অচুম্বা—মীনুংশি—থৌজাল
অমদি কখোকপা।
মসিনা ঐগী জাতিনি
মসিনা ঐগী ধর্ম্মনি
মসিনা ঐগী ইমিংনি
মসিতবু ঐনা মুক্তি ওইনা পুখোকতুনা
বাথনচেংনা থম্মোই শেংনা খুরুমজরি ॥

# মায়া

পূমমক !

তানশিল্লি মান-চাং অরৈবমথৈ
মশা মশাগী ওইনা
পৃথীবী পুম্বা মাতগী ওইহল্লবদি
নোংমতং হিংঙু হায়বন্নু য়াগনি !

লন-থুম—মুমিদাংবাইরমদা পাটরিবা
লৈচিল, সন্ধ্যাগী অমম্বনা ওকপগুম,
অশি থোংগালবু লন'থুমনা
থিংবা ঙমত্রা ?

(মালেম লৈবনা অত্যা লৈবনি
অহৌবা লৈবনা অরোয়বা লৈবনি)

শিরমদাইদা শিবতবু কিবনি
লন-থুমবু মীহৌরুদে ।



## অনুতাপ

পীথাদোই কৌবী চেক্লানা
মথম্মোই শোক্লা খোংবদি
ঐগী নীংঙমদে থম্মোইসিনা
অহুম কপচৈদো থম্মোইসিনা ;

ফুইনা হৌরকপা ইঙাগী ঈরানা
মালেম থক্তা চুথরকপগুম নোংলিওইনা
অনৌবা ময়োনগী অশোনবা লৈরাংনা
তনোপ তনোপ খাংজবগুম তুমিননা
লেনজবতনি অহিংসিদা ইদোম ;

ঐম্বু থংই, উদবসু নত্তে
ঈচেনগী মমৈগী ফজরবা দৃশ্য
নোংগী ঈরানা চামথোকপ্রবদা
লংনা উংলিবা মাইথোং,
থবান থাবু নংহৌররোই মতাগুম
চীংয়া পক্লা শনখ্রিবা
অশংবা ফৌনাগী লবুক-লমহাং
মুঙোলহল্লি থম্মোইতবু
দৃশ্যসিনা ॥

———

## শকথংদবা

ঈশৈ শক্লে ঈশৈগী লাইরেম্বী
চিন্তা পুরে চিন্তগী লাইরেম্বী
হরাওবা নুংঙাইবা অনিমক লোইনৈ
পোকপা শিবা মঙুংলাংগী
রাজবতনি থজিত্তুং পুন্সিদা ॥

কনানা হায় অঙাওবনি
কনানা হায় চাক্লিবনি
কনানা হায় লম্বীচংপা
থংদে শক্লুবতনি তাওব্রিদা
নীংঙমদ থম্মোইগী ঈশৈ ॥

# নিংঙমদ পাউজেল

কংলৈ লৈমা মিংগৌবীও
কংলৈচা পোকপী পলেমও
মীতৈ থুন্নাই নাওয়োকপীও !

ইমাগী নিংখিরবী খোংদা
মীনাই য়োংহিল্লিং থাংহৌবী
ইমাগী ঈংলবা মাইথোংদা
চিঙ্গা মাইহিং লাংহৌবী
ইমাগী শেংলবী পুন্সিদা
অরা কোঙ্গায় থাংহৌবী
পলেম ইমাগী মপোক্তা
লুরবা লাইজদি খিক্লমদ—
মুংঙাইবা পন্দোমদি লোমহল্লমদ—
পলেমগী খোয়াং লমলগীদমক
ইথোদ ং থরদং থ গোন্ন—
পাংথোক্কে হোংনজরুই ;—অদুবু
কংলৈচা নপারিগী থুন্নাইদি অপিশক
অংগ্রেজ লাম্মী তেক্কোলনদি অচৌবা
মায়গৈ মরি - থা·রাং, নিং-মাং,
লোইবী চীংশাংনা পনশাবগুম,
পোইরৈ লমদন তম্পাক্না

কংলৈচা মীতৈ খুন্নাইনা
ইশাইকুগী লেপ্লেঙাগুম,
পলেম কনা নাওকোল্লরোই
পম্বো কনা শাগোল্লরোই
কনা উত্রবনি মতাগুম
মনিং মখা তমহনা
ওৎ-নৈখিখিবা—কংলৈচাশিংবু।"
ইমাগী অরাবা খরদং কোকচনবা
অংগ্রেজ ভেঙ্গোল অচৌবদি মায়োক্নরুবা
নপারি পা-গী শাগল'নি-লাক
ফাগ্রেদো খুৎপু ভুংবুন্না
কংলৈ পম্বো নোঙ্গাখিবনা
পলেমনা'পি শকখিবনা
কংলৈচা ইবেংই-ইনাওশিংনা
শারেপ কাংদোং ফাখিদবনা
কনা লৈখিদেদো কনবিনবা।
কংলৈ লৈমা পলেম্বু হুপ্লেক্লমহনা
চৎপা তারেদো নপারি ঐখোয়দি
ফাঁসি শগাইথক কাহনা
রাজং খোরি কোঙ্গোয়বু
জুংশি পরেং খন্দুনা
নপারিশিং চঙা হুকচরেদো

পলেমগী লমন্নি নিংহনা
নপান্নি ঐখোয়দি চংলেদো
লৈচিলগী দোল্লাই তোংদুনা
খম্মোইথুংদা মৈগী চীং পুদুনা
পলেমগী সেবা পম্মোম লোয়্নমদনা
লাইগী লমদম লৈকোন্দা।

"পলেমগী খুংশিবা খোঞ্জেল তাররোই
নপান্নিশিংগী পামজবা মিঙ্গোল্দু ফোররোই
তাইবং-মালংপান তায়ওররনি।"

ক লৈচা ইরোই-ইনাওশিংনা
পা-গী পারেপ কারগা
পু গী পুরেপ তাল্লগা
শামু পাঙ্গল কল্লগা
কংলৈ-লৈমা পলেমনা
নিংবা থুংবা ওইজেকো।
কংলৈচন্নু লাইবকচাওবী নচেমনা

"ঈপাম খাম্বী মৈহৌরে
লাংজিং মৈচাক্লে
ঈহু নিংথৌব লৈতবরা
খাম্বী মৈব মৈকল্লো;"
তেংথা নাওই মিকপলিবা
তাত্রবনে ইরোই-ইনাওশা!

মিকপ থোক্লো ঙসিদি
নমিৎ পাংলো হৌজিক্তি
করি য়েংহনা লৈরি
কনাগী য়াবাবু ঙায়রি ।।
কংলৈ পম্বৌনা কোংনখিবা
কংলৈ পলেমনা রাজখিবা
কংলৈ মপারি মমোমবু চাওনবা
কাওরন্ত্রনে মথোয়গী অরামল
শিংলয়োইন্দ্রনে মহুগী লমলবু ।
উংলোনে অশেংবা শক্তম
থয়োনে অরাবা মিংচৎ
কুরুপ কয়াগী—' মাংদা
কংলৈ লৈমা ইয়াবু
কায়হল্লু নচা পোকচমলগী
চাউথোকচহল্লু নখোয় লৈজমলগী
লেমজহল্লু পোক্লগা হিংল্লুবগী ।।
ইপা-নাংনা কদায়দা
ইপু-নাংনা কদোমদা
ময়েক শেংনা খঙহন্নমউ
মীতৈ খুন্নাই তাক্লমউ
কংলৈপাকৌ পোইরৈদা
লেংদ মউ লৈবনি
মহু খনা থম্নমউ ।

# গুসিগী রাখন

লোমখি সেক্সপিয়র
অঙুম অথৌ কয়াগী রারীদা ;
চংখি জোহন্ত কিটস
নুংশি-নুংওন কয়াগী থৌদোক্তা ;
লোইখি বার্ডসবর্থ
শুন্নাংপা মহৌশা লাইরেম্বীগী দৃশ্যদা ;
খোম্থাং য়ৈরকখি
নোংপোক্লমগী থম্মোয়দা
নাপচিক্লা তপ্লা তপ্লা
কমল, অঙাংহল, চাউবা।
কৃষ্ণ, কাবেরী ভুরেলনা
মায়গৈ হোৎনা চেনবগুম,
অতৈ ভুরেল কয়াদগী.
হিদেন কয়া য়োক্লরভুদা।
থুংলুরবগুম সমুদ্র ঈপাক্তা
কুংশুবা শব্দাতিনা নোংঙাল্লকপদা
অশাবা স্বরগী লমদমদগী
মিংকপ থংথোক থোকলকখি
আর ষ্টেভেসন, ডাক্তর জেক্যয়ল, মিস্টর হেড ;
মতমগী ঈচেল্দা চেল্হরকলবদা

কনাগুম্বশিংগী হিদেন্দা থুংলখি
অওনবা য়াওনগী শক্তম্দো
মুনা মুনা য়েংলকখি,
নোংপোকলমগী অহাংবা চেবাংথক্তা
খোইজ্জ কয়াগী মচিন্না
হুন্না হুন্না ময়েকলানা য়েকলি।

মতমদু পোক্লকপা য়াই
অশাবা ঈশিংগী মনিলনা
ঈশিং ওন্নবদা
দৃশ্য জগৎকী —
"হৈনৌমপাল খোবুম থন্না উমবা
কোকিল নহা খোন্নৌবা কয়া"
অদুবু —
শারবা মরুভূমিগী লমদমসিদা
নোং অদু চুরক্লি
গুসি ...।
গুসি ....।।

# সমাজ

মী অমনা শেম্বা নত্তে
অনিদগী হেনবা
২/দগী হেনবা মশীং কয়ানা শেম্বা
অহুবু চংনবী হায়বগুদি
অমনা শেমলগা থুদিংমক চংনৈ
ফল তাদ্রবা প্রশ্ন
৫/৫ কয়ানো ?
৫/২ কয়ানো ?
২গা ২গগী ফল [illegible]
২+২ = ৪ (হরি [illegible]
২×২ = ৪ ( [illegible]




নিংথৌগী অধিকার
গনতন্ত্রগী রাজনা উমখি।

কোমুংগী মহুৎ বঙ্গলো
থাংগী মহুৎ কলম
দোল্লাইগী মহুৎ এরোপ্লেন
ফাঁর্সিগী মহুৎ লুপা নজ্রগা (উকিল)

অকুৎপা অহুম কুৎচসন্থ
মাম্নবা অহুম মামজসন্থ
অভোংবা অহুম থেংঙ্গৎসি।

রাখল্লা মংফাওনররুবদা

লোইরবা

তাইবঙদা হেক খোংদারকই···· ··· ···· ···
অর্থ খংদ হিংখি ;
ময়াই ওইবা পুন্সি ··· ···· ··· ···· ····
তাইবঙগী মশাম্না খংখি ;
ঈচেল খজিক্তং কল্লকপ ··· ··· ···· ··· ····
অরাবগী চৈনা ফংখি ;
খোংেন-নৌর মুংশি ঈহুল ··· ··· ···· ···
পিরাংগী মরিক শিন্থখি ;
লেমহৌরবা পুন্সি মতেক ··· ··· ···· ···
অরাবা মুংঙাইবা
কপ্পা নোকপা
কাইনবা থুংনবা
মহাও খংলক্লে ॥
সিদগী মঙাল'দো উরকখি ···· ··· ···· ···

পৃথীমৈতৈ, মোইরাংচা।

## অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং ঃ—

১। ছরানবা— ( শৈরেং )

২। স্বরসিম্নতং নফমদা

( ১বা শরুক ) ( ঈশৈ )

৩। লেমহৌরবা পুক্সিগী খুংয়েক অমা ( শৈরেং )

## তুংগী ফোংলক্কদবা লাইরিকশিং ঃ—

১। পাম্মুবনা পাম্মুজখি

থাবলগী থাবৈল্লেদো ( উপন্যাস )

২। সহরগী লাং ( ড্রামা )

৩। স্বরসিমতং নফমদা

( ২ শুবা শরুক ) ঈশৈ )

৪। ইমা ( অঙাংগী ড্রামা মচা )

অসিনচিংবা — ।

---

মনিপুর সরকারগী মহৈ মশিং লোয়শংগী মতেংনা ফোং-জবা "লেমহৌরবা পুক্সিগী খুংয়েক অমা"।